# বিধী নোংদম্বা



চন্দোকচবা :--

শ্রীময়াংলম্বম খোমেন্দ্র সিংহ



মমল লুপা ১'২৫

কোংজবা :—

অইবা।



কোপী মশীং—৫০০

১৮ জুলাই, রথ যাত্রা, নিংথৌকাবা ১৯৭৭ ইং।

নম্ফম :—

দি লিলা সিংহ মেমোরিয়েল প্রেস,

ককচিং, মণিপুর।

# রাহৌদোক

মীওইবগী লাইবক্তা অফ ফত্তা কয়ামুক থোক্লা থাইরি। মদু পুন্নমক তম্বীরকইবা মপু মারু বিধী কৌই, নোংদম্বা হায়নস্থু খংনৈ। অসিগুম্বা মীওইবগী নোংদম্বীবা অসি মী অদু পোকপগী ৬ নি শুবা য়ুপান সুমিত্তা বিধী কৌবা লাই অদুনা ইবিখি হায়না লৌনৈ। মরম অসিনা পোকপগী ৬ নি শুবা য়ুপান (ষষ্ঠী) সুমিৎ অসিদা বিধী মানা পেনবীন্নবা হায়দুনা ঙমজবা হৈ-লৈ কংনৈ। ইরাৎ থৌনি (আযা পূজা) তৌনৈ। মতম অদুদা নোংদম্বা লাইনা নাওরা অদুগী হৌখিবা মপোক লাং-ওন্দা মানা মানা তৌজখিবা থবক্কী তৌজমল অদুগা লোয়ননা মী মীদুগী লাইবক্তা তম্বী হায়দুনা মদুগী মরমদ ইবা লাইরিকপু "বিধী নোংদম্বা" কৌই।

অসিগুম্বা রারী অসিবু মৈতৈগী অহলশিংনা ফুঙ্গা রারী ওইনা বিধীগা কর্মগা কনানা কল্লি হায়না লিনৈ। ঐহাক্কী ইপা পোকপা ইপু ৺শ্রীময়াংলম্বম পত্র সিংহনস্থু তত্তনা লিবী-দুনা তাহনবীখি অত্তগা লাইরিক অমস্থু থম্বীরমই। অসিগুম্নবা অরিবা মৈতৈ ময়েক্তা লৈবা রারী অসিবু বেঙ্গোলী ময়েক্তা ইথোকনিংবগী রাথল অমা মতম শাংনদগী লৈজরকই।

লাইব্রিক অসি অতোপ্পা ওঝাশিংদগী লাইব্রিক ১/২ গা নৈনদুনা য়েংজবদা ব্রাহৈ ব্রাতা খরা খরা থেম্মে। লাইব্রিক অমদনা বৈষ্ণব সম্প্রাদায়গী মমি অদুক হকনা তাদে, অদুগা অতোপ্পা লাইব্রিক অমদনা বৈষ্ণব সম্প্রাদায়গী মমি মপুংফানা তাই। খুদম :— হে নমু মীওইবশিংও, মুখ চিনবাল অনীমদা হে বিধী, হে বিধী হায়না য়ারা নখোঞ্জেলেনবু রাম কৃষ্ণ বিষ্ণু বিষ্ণু শোননা নাতাও হায়না ইরমই। মসিনা ওইবা য়াবদি লাইব্রিক অসি হান্না নৈরম্বদগী বৈষ্ণব সম্প্রাদায়গী মতমদা অমুক শিন্দোকপা ওইরম্বা য়াই। অদুগা লাইব্রিক অমত্তদসু করম্বা মতমদা ইরম্বনো হায়বা অদুদি তাকলমদে।

অসিগুম্বা অরিবা মৈতৈ ময়েক্কা নৈবা ব্রারী অসিবু মৈতৈ সাহিত্যগী মচাক অমা ওইবা য়াগদ্রা খঞ্জদুনা অনৌবা ময়েক্কা ফোংদোকচবনি। লাইব্রিক অসি অনৌবা ময়েক্কা ওস্থোক্লবা হোৎনবদা ময়াংলম্বম গৌরচন্দ্র না পাংদ্রবা ঐগী ইতেং য়াম্না পাংবিখি। মদুমক নৎলমদ্রবদি ঐনা লাইব্রিক অসি ফোং-দোকচবা ঙমগনি নিংজদে। অদুগা হাথু হাথুনা হোৎনবা ওই-খিবনা অশোই অঙাম কয়া য়াওবা পূম্নমক— কনাগুম্বা অখং অহৈশিংনা তাকপিরকপা পূম্নমক হরাওনা লৌজগনি অদুগা মথংগী খুৎনমদা চুমথোক্লবা হোৎনজগনি।

অইবা—

শ্রীময়াংলম্বম খোমেন্দ্র সিংহ

তাং ১৪ | ৭ | ৭৭ ইং, ককচিং খুলেল মখা নৈকাই।

# বিধী নোংদম্বা



হয়ং হে। লিক্লাইও ইংথৌ নোংথৌরেল পুমাবা-ও, নদাইরেম ওয়ুম রাকমনা লাইন্নোং কয়িদৌদা চৌংঙু, নোংথৌ শোরারেন, অরাং পাখং য়োইরেনবা, থংবা নোংলিংথৌ, কোনথৈ অতোম্বা শোংলেন অপাম্বা. ঈমু শলৎনবা ঈবৌ চাংচিংবা উন তরুক ঈমীবা রাউ কেকদ ঈশাদা, পোইয়ুম লাইয়িংথৌগা বিধী নোংদম্বা শিংদ্রুম নীঙ্গাইশবা অঙ্গি লাইয়ুম থানা, লাইবক খেনলাই ইবা লাইলিংথৌগা, চৌংঙু লাইমরু অনৌমগী কোল্লোই মকিলমেল পোইয়ুম লাইগী রা অকুববু, ওয়ুম রাকমা শৈদমপান লাইরেন চৌংখোঙ য়াইকরাকপু নত্তবা, হেপলি পংাং হৈতবা অশৈ লিওং খংদব তেংথা ময়েক চাদব রারী মীরোল ওইবদগী পোইরৈ মৈতৈরোন্দা তেংথাজরনরে সভা লেংনা তিনবশিংও। উনবী পুগীং পিনা নাতাবী-ও॥

রাকমা— লাইরিক ইবা। ঈমু— ঈশিং, ঈবৌ— ঈশিং। শিংদ্রুম রাচেংনা শেম্বা মচিন ভুম্বা লাইরিক ইনবা। য়াকৈরাকপু— য়াহৌবদা শরুবা ঈশৈবু। হেপ্লি— শনজ।

কোয়ৌ মুমিৎ অমদা চীংঙু নোংথৌ শোরারেনগা খোই-য়ুম মঙাইরোই চীংঙু মহিশাং লেংগা তিম্না ফমফমলিঙৈদা অনৌবা রাহমখিয়ে। হে খোইয়ুম ইঙাইরোই চীংঙু ঈহিশাং-শিং-ও! ইমোম লাইমুরা তরেৎমনা, চীংঙু ঐগীদমক থৌগন-ববু য়োইময়াই তাওদনববু নোংপোক মরাইতামদগী লমহৌ-রকতৈগী মখৈবু তাওদনবনা মতাং তেন অঙানবনা থোঙলেন খমথরবস্থ সেবা থৌগন লোমদে। জিব থরায় পানবা পুন্নমক্তী অরা নৈখৈ তাববু ইমোম লাইমুনা তরেৎমবু থোইনা সেবা থৌগন নৈররোইয়ে হায়না অস্থম পাওমেনববু। খোইয়ুম মঙাইরোই চীংঙু বিধী নোংদম্বনা পাওমেল্লকয়ে—হে চীংঙু নোংথৌ শোরারেনও! নমু তাইবং মীওইবনা হেন্না অরা নৈখৈ তায়ে। তাইবং মীওইবগী মতৌ ওন্থোকপবু রাহন্নক্তে। বামোন খোইয়ুম লাইবু নীংবা, দান ধর্ম্ম তৌবা পিজা হনয়েং-দবনা মপোক লাংওন অমরকস্থ পুইন্যা মহৈচুন্না য়ান্না নুংঙাই মরাং কাইয়ে। তারা অচা রাত্তা চরৈ অইন তামদনা কাওবী শলয়াম লোইয়ে।

তয়ুম নাইশীলোম্ন পানলে। পাপী লিনজেন ফত্তবা খোই-য়ুম লাইবু নীংদবা, কোনচি পোৎথমফমগী চুরা খুরানতম্না মিরেন পাপোৎশেম্বা, নমু লিনজেন ফত্তবশিংনা মপোক লাংওন অমরক্তা তারা অচা রাৎ চরৈ অইন তাম পাপ

---

ফমফম্লিঙৈদা—ফম্লিঙৈদা। রাহমখিয়ে—রা হায়খিয়ে। য়োইময়াই তাওদনবা—মুমিৎ।

লাইথুং চংনা সুংশি মখৈলৈতনা পাল্লে. হায়না বিধী নোংদম্বনা চৌংঙু নোংথৌ শোরারেন্দা পাওমেনববু; থংবা নোংনিংথৌনা পাওখুম্লকই। হে বিধী নোংদম্ব-ও! নমু মীওইবগী মতৌ ওম্থোকপবু মালেম তমপাক লৈতাদুনা মিৎয়েং শানখৈনীংই হায়না কোরৌ মুমিৎ অমদা চৌংঙু নোংথৌ শোরারেন্না নমু তাইবং মীগী মশক ওইনা মালেম তমপাক লৈতারকই। মাইকৈ লমদম য়েংনা য়াংলৌ লমদাং শিৎলকপদা, নমু তাইবং মীওইবা অমনা লাইরা অতোন তাবগীদমক শীংজা তানলোই লাংগে হায়না য়াংলৌ লমদাং চৎলকপদা; চৌংঙু নোংথৌ শোরারেন্না নমু তাইবং মীবু ওইনা পাওহংখিয়ে। হে পাথৌ শীংজা তানলোই লাংবা-ও নংবু মতৌ করিগী য়াংলৌ লমদাং চৎলকপনো হায়না পাওহংবব; অরা হকনা চোক্লবগী চীনলেঙ অথীবা য়াথং অখাথোক্লা পাওখুমখিয়ে। "লাইরা অতোন তাবগী শীংজা তানলোই লাং পামেন উশা থেকপনে নপন্না তয়ুম লাইশীদবগী ঐবু ঙাইনোকনরিঙেনে", হায়না পাওখুমখিয়ে। অহুসুঙ মদোমদে। য়াংলৌ লম্মখাং অমদা নমু মীপুম অমনসু লোইমোম পাপোৎশেম, শংবায় নারেংতৎ পোৎপু লেংলম তেক্লা পুরকপবু য়াংলৌ লম্মখাং অমদা লমওরুরে। নমু শালওন হৈবনা— হে পাথৌ ঙাইবা-ও! নংদি অরা হুইরাং শোম্না কদৌবা লোইমোম ফোকং লাংলুবনো হায়না পাওহংববু।

চুরা খুরান তম্না— হুরানদুনা। তারা অচা রাৎ— চানিঙাই লৈতবা।

হোইদা হে ইবুংঙোও ইপন্না লাইরা অতোন তাবগীদমক, ইপন লৌরাই অতাম্বদগী লোইমোম ফোকং লাংলুবনে হায়না পাওথুমখিয়ে। অতুম্ব মদোমদে। য়াংলৌ লমখাং লমতপ অমদা, মোম্নু নুজা অমনা তুঙ্গান রায়রৌ থাংনা, লোংথ্রাই মাংইম্বনা ফুমাথ নাতৈ কাঙ, মালেম লৈখোমতৈ ককই ঈচুম থাংনা লাইজ পাশানববু, থৌরম কন্নিগীধু তৌবনো হায়না পাওহংববু নুজা চৌনলেঙ অখাথোক্লা-- লাইরা অতোন তাবগা, পাম্রি নাউথাক্লা ইমোম নাউইহনবগীদমক ; লেমনৈ তাতোক্লবনে হায়না পাওথুমখিয়ে। চৌংঙু নোংথৌ শোরারেন্না নুজা কোল্লোই মপাওতানা তাংজা ইকাইখিয়ে হায়দবরা। অতুম্ব মদোমদে। য়াংলৌ লমখাং অমদা পাখং খুৎলং লেংকাংঙিন্না মানবী তুংইম্বনা অবৎ ঙমগা কোয়, তিতি ঙমগা চিংনা থাইরি লোতঙময়ে। হন্নু মাল্লে কা হনবা লেংগা চন্না তয়ুন মীনাই ওইবনিগীনা মাই মৈচৌন ওনফনা, কালেন নুংশা ত্রঙ-হোবগা লোরিংশংলোই কানঙমদববু চেংলৌ মিৎশিংনবগী, চৌংঙু নোংথৌ শোরারেন্না রাহমখিয়ে। হন্নু মন্নাই কান্নবা-ও মানবী তুংইম্নববু অরা, হক্লা চোম্না তৌরবাদ এনা থোরৈ তংবাংবীগে হায়না পাওমেনববু নাতারবগী, হক্লাও মখে নৈতনা চৌংঙু নোংখো শোরারেন্দি লাংগোল খুৎশু পায়না মানবী তুংইম্ননা পাঙ্গন

খাল্লে—লৌ। হন্নু মাল্লেকা—অহল ওইবা। নমু পোংও-ইবা--মীওইবা। মিৎয়েংশেন—মিংশেন। কোরৌ নোংলুপান অঙৌবা—লুপা। উরা হুমপু—উরা হুমদাং।

তেংবাংলুববু, তেংপাক লাল্লু শাঙমলবগী খুয়া কুরোন হুনা অর্না হক্না চোক্লে হায়দবরা। অদুসু মদোমদে।

চীংঙু নোংথৌ শোরারেন্না— ভাইবং নমু পোংওইবগী মতৌ কুম্মে ওন্থোকপবু য়েংগে হায়না, অর্না পোথাদা য়াংলৌ লমদনদনা নাগর খুনগং কোয়না মিৎয়েং শানখৈরুববু, ভাইবং খুননিংথৌগী স্নাকোন্নুংলেন নুংঙাইবা ফম্বী পুক্নীং হুববু য়ৌরুরে। নিংথৌ স্না য়াইকোননুংদি নুংঙাই মখৈ লৈতনা লিক্লাই য়ুস্বী তারেং ওইয়ে মিৎয়েংশেন কাইদোয় চয়া ফকলাং নাকথিং ওইয়ে। কোরৌ নোংলুপান অঙোবনা উরা হুমপু ওইনৈয়ে। মালেম নৈস্না অঙাংবনা চানা ইতাই কুপনৈয়ে। শঙ্গাই মতৌ ওন্থোকপবু চেংলৌ মিৎপু লংনা তকুপ মাইরেং হৌবগী পোনবী চেকয়াম পাইখিবা খৈবিক্না শোংগীনৈ হায়দবরা। নিংথৌ স্না মরৈপাক্তি নমু মীয়াম তিনবগী মীনোক খোঞ্জেল খোনমান্নবা নুংঙাইমখৈ লৈতে হায়য়ে। কৈথেন লুকমাই থন্না পোৎলোই মশীংশুনা থোকয়ে ব্রাৎচা ঙমখৈ লৈতনা য়োংল্লে। নুজা মীয়াম তিন্না নুংঙাই মরাং কাইয়ে। পাখং লেংনা তিনবা নুজা মরুপ লেংফাং চৎপগা ময়োম ময়োম মীনোক খোনমান্নৈয়ে হায়দবরা।

চীংঙু নোংথৌ শোরারেন থংবা নোংনিংথানা ভাইবং নোংশাপানগী মতৌ ওন্থোকপবু কুম্মি মতৌ য়েংলনৈদা য়োইময়াই লাইরেন তাওদনবন খোকনৈনন অঙানবনা থোঙলেন খমখিরবগী চীংঙু নোংথৌ শোরারেন্দি কোরৌ নোংদোনথক্না

অঙানবনা থোঙলেন খমখিরবগী— নুমিৎ তাখিরবগী।

কাগে কাঙমদনা, খুনগং লোইখৈত্তোনগী পনপান য়ুমদোমপোক য়ুম্লেম মত্তাই থংবা অমদা ৱাহমখিয়ে। হে পলেম হনু ময়াই কাবৌ-ও। মাইকৈ লমনা তাম্বগী য়াংগৈ ঐনা লমদাংশিংলকবু অঙানবনা থোঙলেন খমখিবনা হানখিরে, য়ুম্লেন ঐগী ৱাই-থুংকম ফম্বী য়ারেককমবু লৈত্রে। অসি কোরৌ নুমিৎ অমত্তবু নৱান লোনয়ুময়াই অসিদা কোবা য়ারেক্লমগে হায়না পাওমেন-ববু, হনু ময়াই কাবৌনা পাওখুমখিয়ে। পারী লৈরাং মতম মানবা-ও ইরান মোংবায়াই অসিবু লাইরা অতোন তাবগী চরৈ লনখাইঙল্লোইয়ে, ৱারম মতৌ অমসু ইনোংয়াই অপিশা অসিবু নাউনোবগী খাম্বী মৈনৌং হিপ্পবু তৌরাং ফকচা লোক্তুরিয়ে। তাৱা খুৎপুন মাবু চাফরোইয়ে, য়ুম্লেন অমাংবৌবু ওইরিয়ে। পারি নুংজানবসু লিক্লাই ইনোংথোগী মপু থোথা চৎখিয়ে হায়না পাওখুম্ববু। পলেম হনু কাবৌ-ও নংগী তাৱা চাবুম অমসু খাইগুনো, শরিক নংগী লাইখননুংদা কোবা য়ারেকলমগে হায়-ৱবগা হনু ময়াই কাবৌনা ফকলোং চরাইথানা য়োইচানবীখিয়ে হায়দবরা। হনু ময়াই কাবৌসু মনোংয়াইবু নাউনোবগী হয়েং কোরৌ নুমিৎ অমদি তৌরাং ফকচা লোক্লা য়ুপান য়ুম

---

খাম্বী মৈনৌং হিপ্পব,—মৈনৌং কুম্বব,, চাবোকপব,। তৌরাং ফকচা লোক্তুরিয়ে ফক কোনখৎতুনা শেংদোক্তুরি। শরিক—মাঙ্গোল। কোবা য়ারেক্লমগে—অহিং লেক্লমগে। চারাইথানা—ফক থানা। য়োইচানবীখিয়ে—চানবীখিয়ে। য়ুপান—ষষ্ঠী পূজা নুমিৎ।

শংনোংবু ওইরে হমু ময়াই কাবীনা খুৎফাং চাংজৌ চেপনা লোম্না পুরমজখিগে। অসি ইমুংশোইয়াইমা অসিদা বিধী নোংদম্বা নংনা ইনোংয়াই অপিশাবু, পুন্সি চেংজেন কুইনা তোল্লোই মহৈ চাবু লনকুশুনো হায়না তাউজিং হৈরুক শেম, চেং থোইদিং য়াওনা য়েরুম মমাইচোন দোশি মৈরা চাওনা থাম্না ভাইখম্নে হায়দবরা।

বিধী নোংদম্বস্থ নমু মীওইবগী য়ুপান য়ুমশেংনোংদা লাইবক খেনলাইথোংদা শীংদ্রুম নিঙ্গোইয়েক অঞ্জি লাইয়ুম থানা ইবনিগীনা— "হে নাওরা অপিশাও নংদি লাইরা অতোন তানা পুন্সি চেংজেন কুইনা পান-ও" হায়না ইরম্নগা খোঙকাপ নাওরৈথাংনা হনব্রাইখিববু। চৌংড় নোংথৌ শোরারেম্না মিৎয়েং শানখৈরবগীদমক— হে বিধী নোংদম্ব-ও! মায়কৈ লমদম কদায়লমগী লাকপনো, হায়না অসুম্না পাওহংববু – হোইদা কোরৌ নোংনিংথৌও, ঐদি নাওরা অপিশা অসিগী তৌরাং ককচা লোকপগী লাইবক খেনলাই-ই অঞ্জি লাইয়ুম থারুইয়ে হায়না পাওখুম্নবগা থংবা নোংনিংথৌনা বচোন য়াথং অমেংবনা রাহম্নকয়ে। হে বিধী নোংদম্বা-ও! নাওরা অপিশা অসিগী মরান মোংবা য়ুম অসিদা খোইয়ুম ঐনা য়াংলৌ লমদনফমবু ওইভাম্নে, লাইবক খেনলাই ইববু মিৎয়েং শানখৈরুখিগে হায়না থৌথামখিয়ে হায়দবরা।

চৌংড় নোংনিংথৌনা-নাওরা অপিশাগী লাইবক খেনলাই ইববু মিৎয়েং শানখৈরবদা, লাইরা অতোনতানা পুন্সি চেংজেন

কুইনা পানও হায়না ইরম্বব্ চৌংঙু নোংথৌ শোরারেন অরিবনা নাতারাবগী। হে বিধী নোংদম্বা নথৌজানবু য়াইফ মরাং কাইনা, তোল্লোই মচৈ চাবা, পুন্সি চেংজেন কুইববু, য়োন্দন লনকুবী-ও হায়না রাহমববু বিধী নোংদম মপুরেন্না পাওখুম-ঙিয়ে। হে চৌংঙু নোংনিংথৌ-ও! নমু তাইবংপানবা অসিবু কোরৌ নুমিৎ অমদা অমন খমলৈ কুমুস্থ চাম্মনে, পলেম পিবুক-মুংগী নাউনৌবস্থ চাম্মনে। হে চৌংঙু নোংথৌ শোরারেন-ও নমু মীপোক অয়াম্বগী লাইবক খেনলাই ইববু শাগৈ ঙাইরিথিদা অচান অরাই নাইদনা তৌজ মহৈমনবু মইবীয়ে। নাওরা অপিশা অসিবু. লাহন লাংওন মপোক অমরক্ত লনওন থৌরাং রাৎ তৌজ মহৈ নৈতবনিগীনা অফ শীংদা চন্না ইরোইয়ে হায়না রাকনববু হোয়রাদনা। চৌংঙু নোংনিংথৌগা বিধী নোংদম্বগা চৌংঙু লাই অনীমদি লৌশিং শাংঙান্নববগী বিধী নোংদম্বনা উনবী নীংনা তেনা হোইয়ারে। য়ায়বী কনহৌনিক্লা পাওমেল্লকয়ে। নাওরা অপিশা অসিবু নাওরা মীরোন থোক্লকপা, অঙাং খোঙ-কাপ রানহৈরক্লবদা, লিক্লাই অঙৌপাম্বগী মপারিবু ওইরু-ও। অচাও লেপফারবগা নর পোংনিংথৌগী মমোম স্নাখোম্নদোনগা পানমন্নৌও। হুঁম জৈগ্য মতোন লোম্লবগা কোরৌ নুমিৎ তরেৎনি শুরবগা অমন খম্লৈ কুম্লকও। হায়না ইরম্লবগা, বিধী নোংদম্বনা চৌংঙু নোংথৌ শোরারেনও। খোইয়ুম নয়াথংবু

---

নাওরা—অঙাং। অমন খম্লৈ কুম্বস্থ শিবস্থ। নাউনৌবস্থ—পোকপস্থ।

হেপথোক্নবা অফ শীংদা চম্বা ইরম্মবনে। কোরৌ সুমিৎ অমদা নমু মীপুম চান্মা পোকয়ে অদুগীবু থাঙভা য়ুম্মুম হাঙদনা লৈকাই পনশাংকেম্না, লাইবক খেনলাইথোঙদা অফ ফত্ত ইরুববু, কৌবা নোংগা শোইবনা হানলগবরা খঙদে হায়না বিধাতা নোংদম্বদি, খোঙকাপ নাওরৈথাংনা মদোম হনরাইখিরে হায়দবরা।

চীংঙু নোংনিংথৌদি বিধাতা ময়াথংবু অফা রাবু খাজিক্লবগী লাইরিক মতোল লোমনা য়েংলুদরে হায়রে। অমরক উলবী লৈনাংশিংনা লাইবক খেলাইথোঙদা মিৎয়েং শানখেরুববু, নাওরা য়েনহৌ ফাইগুম তোল্লোই য়াইথিরাবু লৈঙম্লবগী, চীংঙু নোংনিংথৌদি উনবী পুক্নীংস্থ তকলোশিদং শোম্ন শোনমোইখিয়ে। বিধী নোংদমখোনবু চীংঙু নোংথৌ শোরারেননচিংনা খেৎঙমদে। হে ওম্মোকপনে। হে নমু পোংওইবশিংও, মুখ চীনবাল থোঙ অনীমদা হে বিধী, হে বিধী হায়না রাবা নখোঞ্জেলবু রাম কৃষ্ণ বিষ্ণু বিষ্ণু শোম্না নাতাও। অসাইহৈগী চীংঙু ইন্দ্রা শোরারেম্না রাহমখিয়ে। হে পলেম হনু ময়াইকাবীও ননোংয়াই অপিশা অসিবু নাওরা মীরোন থোক্লকপা অঙাং খোঙকাপ রানলকপদা লিক্লাই অঙৌ পাম্বা মপারীবু ওইহৈনে। শাংবা লেপতম্লবগা রজ, নিংথৌ মমোম্মান নাঁৎথি পুক্নীং হুরানববু লৌহৈনে। হয়েং বিবাহ লুহোংবা মতমদা,

---

য়ায়বী কনহৌনিক্ল—শাওনা। খোঙকাপ রানহৈরক্লবদা—খোঙনা চৎপা হৈরক্লবদা। কৌবা নোংগা শোইবনা—নোংঙানবনা।

তাউজিং হৈরুক শেম্না ঈনুং শোয়াইমদা চৌংঙু বিধী শোরারেন্দা থর লন নিজৌও। হায়না পাওমেলববু, হন্নু ময়াই কাবীনা পাওথুমখিয়ে। লাইরা অতোন তাবা মরম্না নিংথৌ শাগৈ নগুনা নিংথৌ মপারীবু করম ওইরুগবনো? শীংলেন অরেম্বনে হায়না রাখনখিয়ে হায়দবরা। বিধী মরায়েন থংদবগীদমক চৌংঙু নোংনিংথৌস্থ অরাং কোরৌ নোংদোলথক্তা কাখিয়ে। মমোম লাই মুরা তরেৎমনা সেবা থৌগল তৌনা লৈখিস্থনো রাকমনা লৈজহল্লমগে চৌংঙু রারী লমদাং মুংঙাইবা অসিবু ঈয়ু কোবা অঙাংঙা মনোংয়াই কেগে মোইরাং মচানা পাইমা শিল্লৈরোম্বগী লিওং নাতৈ চুম তেংথা ময়েক চাদনা লিওং পন্থাং হৈতা ঈশৈ লিওং চুমদবনিগীনা রারী লমদাং থঙমদে। অসাইথৈগী খোইয়ুম য়াংদৌ লমদল্লমগী নাওরা মপিশা অডুবু, পলেম মমা পোকমাবীনা খোয়াং তাচীন ঈনৌম চারৈ নহোংশা মাল্লৌ থুপকীনা নাওয়োকপবু লোইদাম থাবুম অহুম শুরবগী পলেম মমানা লেমৈ ঙাতোং শেৎ থুম্নাং মযোন শৎনা তরা চাউম্লময়ে হায়দবরা। লোইদাম থাবুং মমনা লাংহৈ কুমবু ওইনা নাওয়োক্লবদা নাওর মীরোল থোক্তনা মঙাং খোঙকাপ রালহৈরক্লবদা পলেম মমা পোকমাবীনা মপারীবু রৈ নাহোং শা নাহোং থুপচিননা নিংথৌ স্না কৈথেল্লেনবু থাখিবদা পলেম মমানা তাওচৌং হৈমুল থল হৈরাং অথুম থন্না

---

কোবা অঙাংঙা — কোক্রুগী মচানিপা। মনোংয়াই—মশু। কেগে—মোইরাং। শিল্লৈরোম্বা—লৌশিং মপুং ফাদ্রিবা।

মপারিবু শমু নমদা পোনা মরান ওন্দেরকপদা কালেন নোংশা ত্রঙ হৌবগী কোরৌ নোংশা মৈবু খাংমদরবগী পামেন উখোংখা সুংঙাইবদা অরা পোৎথাখিয়ে। মপারীবু খোম্লাং তাজিন ঈনৌহম ফৈরা তান্দাখোংনা ফমফম্লিঙৈদা, নিংথৌ মরৈপাক্কী লিক্লাই অঙৌপাম্বস্থ তেংনা চোংলেনখন মমাং মীগাচৎ মতুং লাংবন খোইবু মীগা য়োম্না পনম চৎথোক্লকপদা মিৎয়েং শানখিরে। বিধাতা নোংদনখোনবু লমচায়ফদবনিগীনা নাওরা মশক উবদা অপাম পুক্নীং চংলবগীদমক লিক্লাই অঙৌপাম্বনা মরৌলৈনা হৈনা মোম্বু য়াংলৌ লমদনবী-ও লাহাম্নোং সুজা নথোক্লককপদা নপন মরুমপানবু পানলিঙৈদা শীংলেন ইপিঙঙা শোৎথনা লৈনাং খাইথননা নপল তাদনা লৈপুন্না মচু তাদ লৈবু লৈরাইনঙৈদা হৈরাং ঐনা ইচা য়ান ভাওজিং ঐনা মরু পানখিবা নত্তবরা হায়না পাওমেনববু। সুজা পুক্নীংচংনা পাওখুমদরিঙৈদা লিক্লাই অঙৌপাম্বনা ইপারিভান হায়না হরাওমখৈ লৈতনা সুজা খুৎঙমথি খুজেং পান্নোইলাক্লা লাংগোই শায়াংথক্কা হাপ্না পুখিরে হায়দবরা মোম্বু নংদি হয়েং কোবা নোংগা শোইরবগা নথংলেনবু ঙাইরোইননা লিক্লাই অঙৌপাম্বা ময়ুমনাকপু ইন্দানবীও হায়না রাহম্লবদা নাওরা পলেম পোকমাবীদি মপারি খাইনারাগী সুংশিমখৈ লৈতনা শমু খোঙবু থিম্না মীকপখিয়ে। সুজা খুদাং পিকম তৈনা মরানয়াইবু ইন্দানখিয়ে। মপারি সুংশিরাগী খোম্লেন ভুমগনঙমদরে। কোবা নোংগা শোইরক্লবদা নাওরা অপিশাগী পলেম পম্মৌ অনীমদি

লিক্লাই অঙৌবা ময়ুমনাকপু ইন্দানলক্লে হায়রে। লিক্লাই অঙৌ-পাম্বনা থৌজান মাইয়োক্লুঙাময়ে কোল্লোই য়াথং অমেংবনা পাওমেনখিয়ে। শানৌ লৈরাং মতম মানব ও — নপারি অসিবু হৈরাং ঐনা ইচায়ান তাওজিং ঐনা মরু হুনখিবনে লিক্লাই ইপারিবু ওইরে তাল্লোই নরুম্বীস্থ লিক্লাই ইশানৌবু ওইরে হায়না পাওমেল্লবগা শানৌ নংস্থ পাহাং নোংজেং ওইফরোইয়ে। লিক্লাই অঙৌপাম্বা ঐগী শঙ্গাই কোল্লোইমুংদগী তালোই তুকোক অহুমগুনা লনথাইবীগ হায়না তয়ুম নাইশীংয়াম চরৈ অনৌখন থন লনয়ামপিনা থৌজান লনকুবীঙাল্লবগী মাই রাকন ঙমফদনা হরাও মথোই তোং চিন্তা পুরৈং লৈতনা রাম রাম হে বিধী, হে বিধী মুংঙাইরে মুংঙাইরে হায়না তনবা মরান লোনয়ুম্বু ইন্দানজখিয়ে হায়দবরা।

অঙাং নাওরা অপিশাগী পন্থৌ মপা পোকপদি মপন হন্নু কাবীগা লিক্লাই অঙৌবা মথৌজানগী, তালোই তুজালোন, তয়ুম নাইশীলোন থন লন য়াম্না লোই, মুংঙাই মরাংকাইনা কুবের মতম মানগুম পাল্লে হায়দবরা চীংঙু থংবা নোংনিংথৌনা হন্নু মরানয়াইদা য়াংলৌ লমদনরা সেবা থৌখনমনগী তোলোই মহৈচানা য়াঙ্গোইরে। রাকমা শৈদমপান্না অস্তুম লৈজহল্লমগে।

অসাইঙৈগী লিক্লাই অঙৌপাম্বস্থ মপারি নাওরা অপিশাগী পলেম মমা পোকমাবীস্থ, লিক্লাই অঙৌপাম্বা তাল্লোই মরুম

ইন্দানলক্লে লাক্লে। পাহাং নোংজেং ওইফরোই—পাগ্রা ওই-ফরোই। তালোই—নুপী।

মুংজানবীবু ওইবে। মপারি নাওর অপিশাম্ব লিক্লাই মপারি লাংলেন ব্রাপিহনবু ওইরে হায়দবরা। পলেম মমা পোকমা-বীনা হৈরাং অশংয়েং তাওজিং অমুন খন মুংঙাই মরাংকাইনা নাউয়োকপবু. চহি কুমশীং তরামঙা শুরবগী অচৌ লেপফারা শাংবা লমঙম্লক, পাখং উরোংমৈ লেপ্তুম চোংলক্লবদা চেংলৌ শক্লা হেনলে পুমুং লেপ্লাম্ভোঙবু থোইনা নীংথিয়ে। কোরৌ মুমিৎ অমদা লিক্লাই অঙৌপাম্বনা মপারি ঙাইরোইননা চরৈ অনৌখন শীংলেন নৈথোনতৈ সনা নৈওইননা নিংথৌ মুা য়োই-কোনমুংদা চংখিববু রাজ নিংথৌরেম্না পাওমেল্লকয়ে। হে পাই-রোরেম লিক্লাই অঙৌ পাম্বা-ও! নপারি লাংলেন কোংয়াং রাপীহন অসিবু চে'লৌ শক্লা হেল্লে ইমোম সনাখোম্মদোনবু কাওজানগে হায়খিয়ে।

ইদাইরেম কোনোক পাঙ্কি খেনহৈবা নখোইবু লাও-ও। নাওরা অনীমকী কোনলোই মমিংই, মুমিৎ চয়োনথী অক্ক মপুম লাক্লা বিবাহ লুহোং থোংদোংথৌবু খেল্লেন মতম খন-ও হায়রবদা। নাওরা অনীমগী কোল্লোই মমিং য়েংলে নিংথৌ মচা নীংথিবা অদুগী কোল্লোই মমিংথোংদি সনা লিক্লাই লোকপ ও কৌয়ে। নৈম' মশানৌ নীংথিবীদি সনালিক সনাখোম্মদোন ও কৌয়ে হাযয়ে। মদাইরেম গনন্ত খেনহৈবনা কোল্লোই মমিংগেং অক্ক মপুম লাক্ল য়েংলুববু নাওরা অনীমা অসিবু নদাইরেম এখোইনা য়েংববু পুন্সি চেংজেনকুইবা তোল্লোই মহৈ চাববু লেপ্পা থোক্লে। বিবাহ লুহোংরাম্ব হয়েং লোইদাম থা মপীদা লোইদাম থাজ

মাকমৈ তরেৎনি পানবদা বিবাহ লুহোংথোবু ওইদৈঙেনে হায়না শম্ মখুৎলোম্না রাকৎচখিয়ে হায়দবরা। নর পোংনিংথোনা রাহমকলয়ে— পাইরেীরেম লিক্লাই অঙৌপাম্বা-ও নংস্থ নপারি লাংলেন কোংয়াং রাপীনগী জৈগ্য মঙমথোবু থোরম পুক্নীং-পিনা য়েল্লাংথোরাংলু ও। নিংথো ঐস্থ ইমোম নীংথিবী সনালিক সনাকোম্মচোনগী মরান লুহোং থোংদোংনববু ঐস্থ শংলৌ থোরাংগে হায়না রাহম্লবদা। লিক্লাই অঙৌ পাম্বস্থ মপারিগী জৈগ্য মঙম-থোবু য়েল্লাং থোরাংলবদা মুমিৎ চয়োন শুজিল্লক্লবগী পলেম মমা পোকমাবীনা উনবী লৈনীংশিংলুরে। লাহান্নোংদা লাইরবা ময়ুমনাক নুংশি মাকাইফমদা মুজ ঐনা য়াঙ্গাইনোংদা, নমু মীওম্বোক অমনা কোবা য়ারেকলমদৈঙদা পাওমেল্লম্বু লৈবনে। পারি অপিশা নাওরা লোংখঙদরিবা অসিবু অঙাং নাওরা ওইরিদৈঙ লিক্লাই অঙৌপাম্বা মপারিবু ওইদৈঙেনে। অচৌ লেপ-ফারবগা রাজ নিংথো মমোমলোনবু লৌদৈঙেনে হায়না পাওমেল্লেয়ে।

হৌজিক বিবাহ লুহোংলাইদমদা তাওজিং হৈরুক শেন্না চীংঙু ইন্দ্র শোরারেন্দা বর লননিজো-ও হায়রম্বু লৈরে। নমু মীবু মান্দে খোইয়ুম লাইবু ওইরবরা হায়না পলেম মমা পোকমাবীনা তাওজিং হৈরুক শেন্না মপারিগী তাংজ লুদা থোংনা ইস্নুংশোইয়াইমদা— হে ইবুংঙো ইন্দ্রা শোরারেনও হয়েং কোরৌ মুমিৎমাদা পারি লাংলেনহনগা নিংথো মমোমলোনগা অনীমকপু বিবাহ লুহোংদৈঙেনে নাওরা অনীমকপু পুন্সি চেংজেন কুইবা তোল্লোই মহৈচাববু য়োন্দনা লনকুবী-ও হায়না পুরুম্লবদা।

লিক্লাই অঙৌবস্থ নুমিৎ শীংশুরবগী নিংথৌ সনায়োইকোননুং-দদি ব্রাহ্মন লেংনাতিন্না চেং-থোইদিংয়াও লুহোং পোৎলম মশীংশু খাম্বী মৈরুপ তৈনাহৌ বিদ্যা লাইরিক থী হরি মিংলেন শোন্না জৈগ্য মঙম মতোনলোম্লবদা। নরন্দ্র তাইবং শোরারেন নর পোংনিংথৌনা মমোম সনালিকখোম্ম:দানবু কাওরেন শলফাংহোই তয়ুম মরেন থিঙমদ কাওরেন থোইকাপাক লোইমু হকচাওববু মশীং চাম্মা খাল্লে লৌকোক কুন্থ্রা নোইমু থুমপোৎ কুন্থ্রা তাইবং কোইজপোৎ থৈবিকপু মশীংস্থ ধন লনয়াম উন্না অঙৌ-পাম্বা মরনয়াইবু তান্না মরান লুহোং খোংদোংলক্লে হায়দবরা।

অঙৌপাম্বা মপারি সনালিক্লাইয়োকপগা লৈমা মশানৌ সনালিকখোম্বীগা নুংঙাই মরাংকাইনা ক্যাং মোন্দুমথক্তা সদা তংপা লৈতনা চৌন সনাথম্বান মাইয়োকচুপ য়ারেন ফুজিন্না তিল্লাং হাইশিৎননা শ্রিঙ্গ রস অথুম্ববু চারএগা, শাবী ইবুংঙো নৌংথিব-ও— মপোক লাংঙন খুদিংস্থ লেপনা লমওক্লসে সৈতা অরেপ্পনে হায়না অস্থম পাওমেন্নরবগা পানবোম ঙাইখাংননা খোম্লেন তুমগন চনফিরে নুংঙাই মরাং কাইনা পাল্লে হায়দবরা। বিধী নোংদম মথৌথাব্র খোইমা লমজাই ফদবগী অঙৌপাম্বা মপারিবু কোরৌ নুমিৎ মঙান শুরগা, খোইয়ুম লৈরক শাথৌবা খোংবান শারাংয়ানববু লণওক্লরবগী, অনা লাইপোৎ কানা খোইয়ুম লাইথৈচিল্লক্লবগী, মপন অঙৌপাম্বস্থ পলেম মমা পোক-মাবীস্থ লৈমা মশানৌস্থ থরায় মীরেন পায় মিরেন নোংদাকানা মীকপ তেংথানখিয়ে। নমু মীয়াম তিন নিংথৌ মাইবা

মনাওয়োকপু লেংনা ফাংনা অনা লাইকম্নববু কনগুমদনা অনা লাইথোইজিল্লক্লে। নিংথৌ মাইবা অহৈবনা হিদাক ময়ানশেম মন্ত্র লাইশোন কন খোইয়ুম লাইমিংশোম্না অনা লাইকম্নববু কনগুমদরে। কোরৌ মুমৎ তরেৎনি শুরবগী থমমুং লাংওনথি শারা পনকোনখিরে হায়দবনা।

লৈমা মশানৌনা মশাবীবু ঙকথি লুম্লাংকোম্না কজাই লেংলোই চুপ পোনবী তুকুম্ববু চীনওক্লনা মীকপখিরে। শাবী ইবুংঙো মানজ ইনেম মচা নীংথিব-ও—চেংলৌ শকপাম্থোংবু চুনবা পুমুং লেপ্পাম্থোংবু নীংথিবা উরিং মাইহিংথোংদা হয়িং পেংলোইথিবু পক্তবা, খোইবা লাইচাকপু চেন্দা পামেন উহ-রাইবু থুংদরিবা শাবী ইবুংঙো নীংথিবা নংবু শীংলেন করম শেৎনশিবনো? লৈমা নশানৌ ঐবু ইপন সনাম্নোইকোই-মুংগী ইরান লুহোং খোংদোংলকপবু অসি কোরৌ মুমিৎ তরেৎনিদবু মঙাইরিয়ে। পারি নুংজানববু শাৎনদা ইমোম মুংওনবীবু ফুইনদরিয়ে। শাবী-ও! পুক্লীং করম থোকাওখি-রবনো নশানৌ ঐদি অসি কোরৌ মুমিৎ মাগী মখৈবু পাহাং মুংজেংওই, থারা থমমুং ওই পাথং শংবাই লোন্দাম্বা লৌকুমনা ইদোম পাংশোই নিকয়ে। মুরা ঙাইখোং শিনশুলুক্লুম্ববু ইপা হাংলে লাংলেন রাপুক থাইগুম্ববু করম থাইনশিবনো শাবী-ও? লৈমা নশানৌ ঐবু মুজা ইথোক্লকপদা মুপী চীংঙু লাইবক থিবীবু ওইরে হায়না মালেম লৈদা ওম্না মীকপখিয়ে হায়দবরা।

পলেম মম· পোকমাবীস্থ মপারিবু শারেন য়েৎনা কোম্না মীকপথিয়ে। পারি ইবুংঙো হে তোম্না-ও। চেংলৌ শকোই হেনবা পুম্নুংলিন্ন ঙানবা নংবু নপন ঐনা লোইদাম থাবুম তরানি কোরৌ নোংবুম চত্থমনিপু নাওপুববু শীংলেন অরেম্ববু ওইরে শারি-ও। নপন ঐনা খোম্নাং চীন ইনৌহম তারা চাবুম শাইনা লেম্নৈ ঙাতোংশেৎ. থুন্নাং ময়োনশৎ চৈথ নাহোংশা মাল্লৌ থুপকিননা নাউয়োকপবু, শীংলেন অরেম্বা লৈরাং অতিং-ঙাবু 'ওইরে। পারি অনীশুনা শাৎনদে ইমোম মুংজানবীস্থ ফইনদে নপন ঐনা খরাই লাইকনফিনা কল্লৌফদে, ইমু শিন-য়োমলানা য়োমলৌফদে, নপন ঐবু তাইবং নোংশাপানন্দা করম হুল্লানলম্বনে', হে কনলকয়ে হায়না খুদাং পিফম তৈ মুংশি হিকহাইননা মীকপথিয়ে। চীংঙু নোংথৌ শোরারেন-ও। নদাই-রেম ঐনা ইপারিগীদমকপু তাওজিং হৈরুক শেম্না খোইয়ুম সনা নখোঙখাদা পুরুমজ্জরবনে। ইপারিগী থরায় মীরাংশানবু হনরাইবীরক-ও। তাইবং নোংশাপান্দা ইপারি অনীশুনা ফুই-নদে হায়না মালেম লৈদা ওম্না মীকপথিয়ে। মপন অঙৌপা-স্বস্থ মপারিবু ফৈরা তান্দা থোং, খজাই লেংলোই চুপ্পা মীকপথিয়ে। পারি লাংলেন রাপীহন-ও! নপন ঐনা লিল্লাই সনা ইফমলেনবু শিনথৈঙনে হায়না পুক্লীং হরাওজববু শীংলেন অরেম্বা লৈরাং অতিংঙা ওইরে হায়না মুংশি মথৈ লৈতা মালেম লৈদা ওম্না মীকপথিয়ে।

লৈমা মশানৌস্থ অনৌবা অমরক মীকপখিয়ে। শাবী ইবুংঙো শ্যামপুর্ণ চংথোনব-ও, নশানৌ ঐস্থ শাবী নংগী হৈন নতুংইন সনা নমৈ ৱায়গে খম্মুং লেপ্পীচীং শাৱা ঙাইনথেন্দ লমওক্লুসে। খম্মুং শিদনুবী লৌওনবী অমন শাম্বা মীথেম্বীন খোংবান নাওৱা পিরেনহৈবু তাউজিং খুত্তা শুনা পাওথেমঙামহে হায়য়ে। মুজা মথোক্লকপীনা নোংমল্লবদি থংলেন মৱা শান পাওথেমঙাময়ে হায়য়ে। পাখং মথোক্লকপনা নোংমল্লবদি তালোই ভুনুংশিবু ওইনা হৈৱাং খুত্তা শুনা পাউথেমঙাম্বু হোয়য়াগুনো। তাউজিং মচেৎ অমবু চারবদি পন্থৌ পাকাউহৈ, হৈৱাং মচে অমবু তংলবদি থংলেন থোকাউ হৈ তাল্লোই তূকাউহৈ, পাখি মুংজানবা শেৎনাহৈ মমোম মুংওনবী খাইনা হৈবু তাউজি হৈচাঙামগুনো? খম্মুং শিদনুবী লৌওনবীনা লৈমা ইশকমান্ন তাউজিং খুত্তা শুনা পাউথেম্ববু হোয়য়াগুনো? শাবী ইবুংঙে নীংথিবা-ও। খম্মুং পাৎথিয়াম শাৱা কোনখাঙহকপা কাওথ মরিন য়াম থোংলেন পানবৈ শেম্বা শম্বুম অমনা থোংশাবা শম্না অমনা থোংলেন পানবৈ শেম্ববু লানঙামগুনো? খম্মুং য়াংলৈ লম্মখাঙ অমদা, খম্মুং মাকপা লৌওনবনা তোংজেং হিনাউ শান ৱাকয়ৈ হিৱানববু লৈয়ে হায়য়ে। মাকপা লৌওনবা ৱাকয় মখুৎনেৎপু লানঙামগুনো? শাৱা লম্মাখঙ খম্মুং লেপ্পীচীং শাৱ ঙাইনথেন্দা ঙাইখমঙামও। নশানৌ ঐস্থ মোম্মু শুরি ইখুৎস্থ থাংলেন য়াশাবা অসিনা মুজা থমোই অথীবদা উনবী থম্মুং থিৎন থাংলেন খুৎনা ফংনা নোংমল্লগে হায়না মালেম লৈদা ওন থংলেন

থাইনা মুংশিমৈনা হংমোই মৈচাবথোই মীকপ হনথংঙ্গমদনা মীকপখিয়ে হায়দবর ।

মপন লিক্লাই অঙৌ পাম্বদি মপারি থাইনা মুংশিরাগী কোলোই মনিন নাই, লুথুম ফানজাও থীম্না, মালেম নৈদা ওন মীকপ খোনমান্নবু লাইজ ঈরাউখোনগুম্বনু মীকপনরে। নমু মীকপ খোনমান্নববু লাপনা কোয়ৌ নোংদোনথক্তা নাতারবগী পোইয়ুম মিৎয়েং তাংজুম্বা চৌংঙু নোংথো শোরারেম্না মালেম তম্পাক নৈতারকয়ে। নমু তাইবং মীবু ওইনা লিক্লাই তংলৌবা মপারি নোংমনবন্ থরাই লাইহিংবীগে হায়বগী. চুগী লম্বাইবা সৈন্যাসি খুনকোয়বনু শানা, জোতি খাউজাও থাঙ য়ুবী খুজ্জাই খুত্তা শু য়োংকী চৈশু পান্নোয়ননা, য়াংলো লমদাং শিংনা নর পোংনিংথোগী সনামরৈপাক অঙৌপাম্বা ময়ুমনাকপু য়োরবদা; লম্বোই লাইবু নীংবনা পাউহংখিয়ে। হে নমু মীয়াম তিনবশিংও— নখোয়না মীকপ খোনমান্নবু মুংশি তেরান্নরিবা অসিবু কদোবনো হায়না পাওহংলুববু? হোইদা হে সৈন্যাসি লম্বোইব খোইয়ুম লাইবু নীংব-ও নিংথৌ ইরৈপাক অসিগী অঙৌপাম্বা মপারি শাংলেন কোংয়াং রাপীহনবু নোংমল্লে। নৈমা মশানৌম্ব মপন মরানয়াইগী মরান লুহোংলুববু পোংজা শীংবুম তরেৎনিদবু নাঙাইরিয়ে থংলেন মুংশি মৈনা চাকপগী মীকপ খোনমান্নবনে হায়না পাওখুম্ববু নাতারবদা। লম্বোইবা লাইবু নীংবনা অনৌবা রাহমখিয়ে। নমু মীয়াম তিনবশিংও! কোলোই নখোইগী নয়াথংবু ঐনা নাতারবদি মুংশি পুক্লৌং

কাইয়ে; তোইগুম লম্বোই লাইবু নীংবা ঐনা লিক্লাই অঙৌবা মপারিগী কর্ণ নাকোং থোঙজাওবেন অনীমদা হরি মিংলেন শোন্না থরায় মিরাংপানবু পাউকৌরবদি য়াংলৌ লমথাঙমাগী লাংফম মতাং ওইনা নোংমল্লবস্থ থরাই লাইহিংঙৈনে। পলেম পীখোইরেনগী নোংমল্লবদি থরাই লাইহিংঙম্লোইয়ে। তোইগুম চেংলৌ মীকুপমরুম চৌংঙু থোজান য়েংস হায়না পাউমেনখোনগী হরাওমখৈ লৈতনা লিক্লাই অঙৌপাম্বদা লম্বোই মপাউমেনবু পাউতাকলুরব্দা। লিক্লাই অঙৌপাম্বদি লম্বোই সনা মখোঙ-থাদা দগুবোৎ মালেমলৈদা পক্লা পুরুমখিয়ে। চৌংঙু শানওন য়াম্বনা অঙৌপাম্বা মপারিগী কর্ণ নাকোং থোংজাওরেন অনীমদা হরি লাইমিং অরুববু ময়েক অহুম্মকপু উচারোন ময়েক ফাউনা মন্ত্র থিনকামননা শোল্লবদি অঙৌপাম্বা মপারিবু জিবা থরাই লাইহিংলক্লে হায়দবরা।

লিক্লাই অঙৌপাম্বস্থ পলেম মমা পোকমাবীস্থ লৈমা মশানৌস্থ হরাওমখৈলৈতনা লম্বোইসনা মখোঙথাদা মালেম ফুপাক লৈদাতুনা হন্না হন্না পুরুমজখিয়ে হায়দবরা। লিক্লাই অঙৌপাম্বনা খুৎফাং চাংজৌ তরাম্বু লেপ্পা লোম্না রাহমখিয়ে। লম্বোই লাইবু নীংবা ইবুংঙো তাও-ও, নিংথৌ সনা ইরৈপাক অসিদা থাবানা নংগী ফম্বীরেনবু ওইবী-ও। মান্দোপ কাফম মাপন ফা'না মন্দির মকোইফানা ফুরা লাইয়ুম শাগে, নোংজা শিংবুম খুদিংদা পুজা ঈরাৎচগে হায়না পাউমেনববু; লম্বোই লাইবু নীঙবনা হোইয়াদখিয়ে। লম্বোই ঐগী ইহোশাবু থাবানা ঐগী

ফম্বীরেনবু লৈতে. পামেন উখোঙখা খুদিংদা ইরান লোনয়ুম য়াইবু ওঙৈনেয়ে। শোক কুম শং লেপ্লব নাগর খুনগং কোয়না খোইয়ুম লাইবু নীংয়ে হায়না রাকনখিয়ে হায়দবরা। চৌংঙু ইন্দ্র শোবারেন্ন হায়রময়ে। লিক্লাই অঙোপাম্বনা অনৌবা অমরক সনা পোৎলোইশেমনা বৎচববু লম্বোই লাইবু নীংবনা সনা নংগী পাপোং শেম্বদু মাই কদোনগে হায়না খোইনাদে। লম্বোই ইঙ্গোশাবু য়াংলৌ লমদন্দনা অরা পোথাকরোইয়ে হায়না খোইয়ুম থিঙলৌ নীংলা তেনা তন্ন হনরাইখিয়ে।

খোইয়ুম লোংদোনগ্গী রাংখুংলবদ, মমোম লাইন্নুরা তরেং-মনা জগোই লেপ্লৌ শাবু মুংডামনৈনোতনা চৌংঙু মঙাই-রোইবু লৈংনাতিন্না য়াঙ্গোইরে হায়দবরা। খোইয়ুম লাই নামুংবসু রাকমনা লৈজহল্লমগে। অসাইডৈগী লিক্লাই অঙোপাম্বগা পলেম মমা পোকমাবীগা অনীমম্ব চৌংঙু মথোজানগী নুংঙাই মরাং কায়না পানমিন্নরোরে হায়দবরা। মরৈবাক্কী নহা নুবী হন্নু হনবা পূন্নমকনা অকি পুক্নীং চংনা পাওমেন্নেয়ে। অসাঙৈগী লম্বোই লাইবু নীংবা অচুম্বু নমু মীবু নত্তে চৌংঙু ইন্দ্রশোরারেনদু মাল্লে হায়না লোনমোইহনলোয়ে। নমু নৌয়ানপান থৈবিক্লা পাওমেল্লকয়ে মহা পাপ কোক্লবা ইন্দ্র কোল্লোই মমিংথোংবু শোল্লশে হায়না শ্রীইন্দ্র ইন্দ্র হায়না কোল্লোই মমিং শোনথোক্লে হায়দবরা অসাই-ডৈগী অঙোপাম্বা মরিদি বিবী মথোজানগী য়াইফ য়েনহৌফ তোল্লোই মনা পুঙনা ফাৎলক্লে অচুম্ব মদোমদে। শ্রীনোংথৌ শোরারেন নরনহুলী পুন্সি চেংজেন কুইনা পাল্লে হায়দবরা।

নাওরা অনীমগী হেপ্লি পম্বাং লোম্লে রাকমা শৈদমপান্না লৈজহল্লমগে। হে নমু মীওই লাংওন চংখোনবশিংও। বিধী নোংদম মরায়েন্দি তৌজমহৈমন্গীবু অফ ফত্ত য়েংনা লনকুবীয়ে। বিধী রায়েনখোনবু চৌংঙু নোংথৌ শোরারেম্মা চিংনা খেৎ-ঙমদে হায়দবরা। রাকমা শৈদমপান্না চৌংঙু নঙন অরুববু শকঙমদে, খোইয়ুম নতিক অরুববু খাঙমদে হায়না কাওরেন শন্থোবা মিৎয়েংনা খনমুক্কুবীগুনো, কমু পোংথৌবা মিৎয়েংনা খনয়েংনবীগুনো। মন্নু মরুলুক খোইঙান মমাইলৈনা থৌখাম্বীও। ভয়ুম রাকমা শৈদমপানবু পুন্সি চেংজেন কুইবা তোল্লোই মহৈ চাববু লনকুবীও। রাকমা শৈদমপান্দি ইমাই অরাং কোবা চৌংথং লাইনা পাংবলম, চরিক মপানথা নোংথৈ মউন্লিংবা লমদা, ইয়ু নোংবান হোংনেম লুরাং নিংথৌ পুন্সিবা মরৈখঙ, চারোন ভরুক তানফংলৈ, শুরোন তরেৎ লোনচিলৈ, অরাং শরু লুতোংলৈ, পুন্সি ইরালৈবু তাংজ লুদাথেৎনা রায়রা শায়াইদি ওইদা পায়, হুয়েন লালয়াইদি য়েত্তা পায়না রাকমা শৈদম-পান্না থরায় ইগিরেন মিরেন থৌয়াংববু চরৈ নাহোংশা মাল্লৌ থুপকিননা লাংলেন কোংয়াঙ রাচৈশু অশংববু লোক্লৌ পাল্লোই-ননা, ইমাই নোংনেম লাইনা পাংবা লম খোইয়ুম লাইফম্লেন নুংঙাইবা হকশাং ফিথুপ অচেৎপা হরি ফম্বীরেন চিত্ত উনবী খোইথৈনুংদা, হুরি হরি মিংলেন শোন্না কোঞ্জিল্লমগে হয়িচা হুয়া হে হে হয়া হরিও।

———

শ্লোয়ররবা